Granted subsidy for Publication
Vide Memo No. 17/4/64-SE.

---

# আমাগী খোঙ্গোক

শৈরেংজবা :—
শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

মমল লুঃ ১'৫০

অকোঙবা [illegible]
শৈরেংজরা মী

১বা কোঙবা, জুলাই, খৃঃ ১৯৬৫

ছাপা তৌবা :— শ্রীআইচঃ ইবোবি সিংহ

নম্ফম :— ডি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস,
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ৱাহৌদোক

ৱারী তাবদগী ঈশৈ তাবনা হেন্না মীওইবগী আত্মা পেলহনবা ঙম্বা মরমদগী ঈশৈবু আত্মাগী খোন্থোক কৌই। পাউতাক-ঈশৈনা আত্মাবু শুন্নত্তুদা মীওইববু পেলহনবা ঙম্বা শক্তি পীবনা পাউতাক-ৱারীনা ঙম্বদগী হেন্না মমল য়ামই অমস্বুং অতুগুম্বা খঙগ্রবা হীরমশিং অতু আত্মাদা য়েক্তুনা লৈখিবনা করিগুম্বা মতমদসু থক কাউবা ঙমদে। মরম অসিদগী লোল অমগী সাহিত্যগী মচাক্তা শৈরেংনা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক্তা লৈরিবনি।

ৱাখলশিং অসিনা থৌইনশিল অমা ওইহনা শৈরেংজরবা পাওজত্রবগী 'আত্মাগী খোন্থোক' হায়বা শৈরেং লাইরিক অসি মৈতৈরোল সাহিত্যগী মচাক অমসু ওইনবা হায়বা ৱাখন্দা মতম চঙনা ৱানা হোৎনজহনা মৈতৈ-পোকপী পলেমগী চরন্দা কৎচনবা পুথোকচরিবনি। মতমগা চানবা পাউতাক অমসুং কান্নবা ৱারম কয়ামুক শৈরেং-শৈখল থুদিংদা য়েপ্তুনা নহারোল মীপুম থুদিংগী ৱাখল চাওখত্তুনা ইজাতিগী চাওখৎ থাক কানবগী ৱাখন্দা শৈরেংজবনি। ঐনা খঞ্জরিবা ৱাখলশিং অসি ইথোবকপদা হৈজদহনা খরা ৱাংলবসু দেশ-বাসীশিংনা হস্থ-মিৎয়েং য়েংবীদনবা থুরুমজরি।

শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ

---

অসিগুম্লবা ৱানা পুথোকচরিবা শৈরেং লাইরিক অসিবু ইরৈবাক্কী মহৈ কাণ্ডলূপকী অঙম্বশিংনা খঙংপীহনা মণিপুর সরকারনা কোঙনবা তেঙবাংবীবগীদমক ঐনা আত্মা-ভক্তি কচ্চরি।

**শ্রীএসঃ লালবাবু সিংহ**

তাং ৭।৫।৬৫ ইং

# কংচবা

মৈতৈ পোকপী ইমা                    ননীং থুংব্রিবী ইমা
নচাগী থৃদোললসে লৌবীয়ুকো ইমা।
ইরোলগী সাহিত্য শোনবনা          নমাম্নবী মরক্তা পিদোম্না
লোল থোক্তবীগুম লৈবত্থু তোপ্পা,
রাজৈ খঙ্গবদা নচানা                চোংথোকচরি নচানা থোনা
ইমাগী সেবা তৌজগে খন্দুনা,
পাঙজদ্রবস্থু নচা ঐনা               পেনবীয়ুকো নচা ঐবু
হরাওজগে অনৌবা থোনা কংথুনা।
পুকচেল শেংজরবা নচাবু            লংনবীরবদি নংনা ঐবু
খঙবীহুনা নচানি হায়বা ঐবু,
রাজনিদা নচাদি য়াম্না              পুবীগনি দোষ কনানা
তৌবীগনুকো নচাগী ইকমদা অহুম্না।
থুবাং চাংজো তরানা                ইদু কায়াৎ লিশিংনা
থুরুমজরি নকমদা চাংজো চেপ্পা,
লৌবীয়ুকো নচাগী শেংলবা থৃদোল।

---

# হীরম লামায়

# আম্মাগী খোম্বোক

—:0:—

## নিজবা

মাতৃ ভূমি পলেম-পোকপী,
পোরক্ষম লমদম পম্বৌ-পোকপী,
খ্বাইবু পোকপী পলেম-ইমা
খুকমজনি নচানা ঈংহৌনা ইমা।
তৌজনবা ইমাগী সেবা চাওখৎপদা,
পীনবীর্য্য অশেংবা থম্মোহ নচাশিংদা,
লংজেল মান্নবা, খোনা ফবা,
অফ-ফত্ত, পাপ-পূন্য খঙবা,
ওইজগেকো নচা ঐখোয় পূম্বা।
নচাশিংনা ফজ্রগা হীবম খূদিং,
নংগনি ইমাস্তু মতম খূদিং,
ফবগা ঐখোয়না চাওখত্তুনা হৌজিক,
চাওখৎকনি পলেমস্তু শোয়দনা হৌজিক।
ওইজগেকো অত্নুগুম্বা অফবা নচাহু,
ওইজরোইকো মাওনবা ফত্তবা নচাহু।

---

# মীরায়গনু

মপুগী লৈশেম লৈকোযনুং
পৃথিবী 'সিগী লৈথকনুং,
তাইবং-মালেম থকসিদা
লৈ'ব্রিবা পোৎশক পূম্বদা,
মীবায় ব্রাখল থনকদে
শীজিন্নকম খঙদবা তৌকদে।
খেন্নৈ পোৎশক খূদিংগী—
পাঙ্গল, মনম, মহাও-রস,
খঙদবদগী মখোয়গী মগুণ,
হৈতবদগী মখোয়বু শীজিন্নবা,
অবেম্বা তাহল্লিবনি কান্নদবা।
মগুণ খঙবা অশিংবশিংনা,
শীজিন্নরি মখোযবু তত্তনা,
মুংঙাইনা লৈহল্লি মতুনা,
চাওখৎ-ক্নিদম তান্দুনা।
তুক্কচনা খল্লিবা গুমজিৎ'সি,
লৈত্রবদি হেন্না তুক্কচগনি,
লূববা মালেম লৈথকসি।
সহরগী নমথী-হঙ্গোইশং,
লৈত্রবদি কনাম্থ লৌথোকপীনবশিং,
থল্লগনি মক্কম থূদিং ক্কত্তবনা।
লৈরবদি অথুম্বা পোৎ ঙাক্তা,
পান্নগনি অখাম্বা মতম থূদিংমক্তা।
লৈরমত্রবদি মীপোৎ পাম্বা হুন্নানবনা

চাইনা লৈরমগনি পোৎশিংনা থম্না,
চেকশিন্না থম্নবিবনি মহু লৈরম্বনা,
কজহল্লিবনি ঐখোয়বু মহুনা।
উজাউ ঙাক্তা হৌরম্লবদি থম্না
লৈরমলোই নুংঙাইবা-কজরবা লম্মাং,
ফত্তবা কয়া লৈবা মরমনা
অফবা কোঙ্গায় লৈবিবনি,
অপঙবা ঐখোয় লৈবনা
অশিংনা নখোয় চাউরিবনি,
অহুনা মীরায়কদে কনাদা
মান্ন-শাজৎ চৎপীগনি।
হৌজিক্কী মতমগী শানৌশিং!
হৌজিক কালগী অহলশিং!
মীরায়নুসি কনাদস্থু ঐখোয়না,
য়াইফহনসি মপুগী লৈকোয়নুং,
হুরাওবীগনি মহাক্সু মহুনা হেন্না।

---

# রাখল

মীওইবগী শক্তি পুম্বদগী
হেল্লি শক্তিনা রাখলগী।
ইন্দ্রি পুম্নমক ঐখোয়গী
কায়াৎ পুম্বা হকচাংগী
পোল্লি মখা লোইনা
চৎলি মথুহুং ইন্দুনা

পাঙথোকলি মাগী থৌদা
তশুনা মিকুপ খূদিংদা।
ৱাখল কৌবী অঙকপী,
থোইনা হেন্না গুণ লৈবী,
শক্তি পূম্বা ঙমলিবী,
অফ-ফত্ত শাথোবী!
থোপতগী নংবু পোকপবা
থম্মোইনা নংগী নযুমলা
কবম্বা মপোক্তা পোক্কনা
নংনা অম্মুক থোক্রম্বা?
শাথোবা নংগী নঙালনা
অফ-ফত্ত খণ্ডনা
চাওখৎ-লকদম তান্নবি
নমু-ভাইবং ঐখোয়না।
মহৈগী থাউমৈ থান্দ্রবা
জ্ঞানগী মঙাল ফাওদ্রবা
তাইবংশিংগী মফমদা নংনা
ঙাল্লি মুৎশি মূৎশিনা,
থবক থৌবম খূদিংদা
মফম-মতম পূম্বদা
তৌই শেবান-তুবান্না
অফ-ফত্ত খণ্ডনা।
মশা-ইশা সমাজদা
অৱা-নুঙাই খূদিংদা
থোকহল্লি ফত্তবা মতুনা
মশাগী মৱাল খণ্ডনা।

লমচৎ-শাজৎ-মহৈহ্গী
অফবা পূম্বনা তিল্লবা
জ্ঞানগী মৈয়া পায়বরা
অাইয়ংশিংগী মকমদা
অবংবা মঙাল ফাওহল্লি
ময়ামগী ফিদম শুইহল্লি
খেন্নৈ ফামনা মখোয়গা
অপঙবশিংদুগী মতোগা।
হাংচল্লি মথন্তুগী মথরায
হাংদি মীগীসু কয়া
তৌনখি দান কয়া
ফংই লেম্নসু লল
তাম্থোকখি মথানুংগী মচাসু
থোকই মচা শরা মীচাসু
লান্দাকহ মীরৈবাক্তা শাউনা
খামজিন্নৈ থরনা ঈংনা।
থোকহল্লি মসি পূম্বা
শাথোবা মাগী চৈথানা
ফহনসি মসিবু অদুনা
মহৈগী ফিজোল থোন্দুনা।
অরাবা কোঙ্গাই নংনবি
নুংঙাইবা কয়া ফংনবি
থোকহনবনি মানা পূম্বসি
অদুনা মসিবু ফহনসি।

---

# নুপী

হে নুপী ওইবীনা !
অণ্ডকপনি নখোয় অসি,
চাউখ্রে নখোয়গী নগুন'সি।
মাণ্ডহনবা ওমই অরেম্বদা
নিপা কয়াগী মথরায়,
কলহনবা ওমই মপাঙ্গল
অশোনবা নিপা-মহাশিংবু
নখোয়গী নগুং লাংগীদমক।
কল্লবা নিপা কয়াগী
নুংগুম্বা থরায়-হকচাংবু
ওমহল্লি খোংহনবা লৈরাংওম।
হৌজিক্কী নঙ্গে মসি,
য়েনহৌডৈদগী ওইরক্লবনি—
মুণি-ঋষি কয়াগী
অচেৎপা ধ্য নবুস্থ কায়হনখি,
ওমাখবনি মী-লাই পুম্ববুম্থ
নুপী ওইবীশিংগী নগুম্বা।
য়েংউ, নমাঙদা শাৎলিবী
কঞ্জরবী লৈরাংশিং অসে।
চেংলৌ শক্তাদি অহেনবী,
লৈরাং কয়াস্থ শাৎলি,
লৈহি-লৈনমদি য়াওদবা।
লৈহি-লৈনম্নদি থল্লবা
চেংলৌ রাংপী শিঙেলস্থ

য়াওবি মরক মরক্তা
মনা পুংবা মরুমদা।
য়েংউ, পাইরিবা খোইমুশিং'সে,
মকা কপ্লিবী লৈরাংশিংদদি
য়েংলমদে হন্না কাওবা
মনম বস য়াওদে হায়না।
মরুমদা শাৎলিবী লৈবাংশিংদদি
পাইশিল্লি সঙ্ সঙ্,
রাখল থেনবা খোইমুনা
তোংলম্লবসু কুইদে লৈরাংহুদা
লৈহি-লৈনম য়াওত্রবদি।
য়েংউ, কয়াদা রানা খাঙলিবা
খোইমু শয়োম্না তোংলিবী
গন্ধ চাউবী লৈরাং'সে।
লৈহি তারবদগী লাম্থেংনরি,
খোইমু কোল্লুপ কোল্লুপ,
লৈরাং লৈখোক্তা তোংহনা।
চুপনজে হৌজিক মাগী লৈহি
কনাগুম্বা খোইমু অমত্তনা
লৈরাং মাম্ম রাজয়ে খাঙবদা।
খল্লকুবিনি পঙইদা হায়না
অহানবদা হরাওবম্লবসু মানা
লৈরক্তগী অহেনবীনি খন্দুনা।
অম্মুম্না পাংখক ওইরবী
নখোয়নি সুপী ওইবী,
খল্লু নখোয় নশামকসু

লৈরাংমক্কি হায়না কাউদনা।
খণ্ডবনা কৈ নশাগী নঙুন,
চৎকদোবনি মহু ঙাক্তুনা,
লেমজগনি নখোয় মহুনা।

---

# জাতিগী ফিরাল

মচু অহুম্না লৈতেংলিবী
লাইবক্তা চক্র ন য়্নবী
ঐখোয়গী থরায় ওইরিবী
ভাবত-মাতাগী জয়পত্র ওইরিবী
জাতিগী ফিরাল তনৌবী!

কল্লবা বোম-তোপ মবক্তা
নোংমৈ-গুলি, সঙ্গিল মরক্তা
নুংশি হৈত্রবা চৈরাক ফংদুনা
রানা খাঙলুববীনি মতম অমদা
পুথোকচগে হেৎনবদা ইমাগীনাক্তা।

কল্লবা য়োংকী কৈশুম শঙদা
ইমানদি পাম্বোম রাংনা থাঙ্গতুনা
"পীরো ইচাশা জয়গী ফিরাল
চোংথোক্লগে নমথেক্তুনা থারিবা পল
পামে" হায়রক্লবদা হিক্লা কপ্তুনা

হোৎচিনজখিবনি নচাশিংনা পায়ছুনা নংবু
শিন্নজনবা ইমাগী থাঙ্গৎলিবা খুত্তা।
পানখ্রবনি নশাদা নোমৈ-গুলি কয়া কাওছুনা
তৈখ্রবনি নচাশিংগী ঈ তনা নশা পুম্বা
কাউরকখিগদ্রা 'সিবু মতম কুইরক্লগা।

নহাকপু কন্নবা তোৎনবদা নচাশিংনা
ওমা থোইনা খাঙখবনি কপ্পুনা ঈথক্তা,
থরায় চকচাং কয়াগা শিন্নর্জাখিবনি নংগা
পুকচেল কল্লবশিংগী মক্ষমদা নোক্লা নোক্লা
নীংশিংবীবানকো তৌখিবা অরাবা কোঙ্গায়ছু নংনা।

নচাশিংগী থোৎলবা প্রেমগী থৌরীনা
সুংশইচৈত্রবশিংবু খুছুম চন্দুনা পুল্লগা
পেৎপ্লাখিবনি মখোয়গী অকনবা থম্মোই,
শিন্নজাখবনি ইমাগী খুত্তা নচাশিংনা নংবু
ইমানা চোংথোকখিবনি জয়ধ্বনি লাউছুনা।

পাইরি নহাক্লা ঙসিদি রাংনা নোংথক্তা
ভাবতকী কোনা-কাচিন শীনবা থুংনা
ফূয়না তৌরকপা অনৌবা নোংগী মরক্তা
থেক্লা খোয়না কেনা জগোয় শাছুনা
নীংতম্লে ইমা-ইচা ঐখোয় নুংঙাইরে হায়না।

অছুবু ইমা, রাজদবা ঙমদেনে নচাশিংনা
নহাক্কী নহুৎশিনবী অতোপ্পা অমা
পুথোক্লবা হোৎনবা য়াওরক্কদ্রা খনবদা
খাঙউথক্তা থরদং অরাবা খাঙলগা
ইমাগী জয়পত্র শিলহনবা পামছুনা।

চৎথোকপীখিগনুকো নংনা ইমাগী নাক্তগী,
ঙাকচগে নচাশিংনা কোয়না ইমাগী নাক্তা,
অনৌবা য়েক্লবনি খঙ্গগনি চঙলকপা পুম্বা
ইজাতি-বিজাতিশিংনা হোৎনরকপদা অত্তুম্বা,
থোৎনা হায়জগনি, য়াত্রগা খঙহনগনি হৎিক।

---

# *পাম্মুইদকো পুন্সিদো*

কম্লাক কূরু কাবক্লে,
মাঙগী লম্বী তেল্লক্লে,
তুংগী লম্বেলনা শাংহৌরে,
য়ৌরক্লনি ঐগী লমথুং,
লাক্লগনি অকক্লবা পন্থুং।
পুন্সিগী ঈচেল ঈথক্তা
আশাগী অকায়বা হিথক্তা
পুক্নিংগী অতেকপা নৌনা
লুপক্কেৎ লুপক্কেৎ হোন্দুনা
লাল্লি ঈপাক্তা ঝানা।
মাঙগী লম্বেলদি খঙদবনা
তুংগী লম্বীদা খঙবনা
ঈরাক্লক্লরে ইবৈ কয়াদা,
লম্মুক্লক্লরে ঈপাকথক্তা,
ফৈরেং তুরেং হোন্দুনা।

অম্থম থোক্কনি খঙদবনা
ফত্তবা হিদুং ইল্লুরে
নহা ওইবা মতমদা
লানমিন্নবা খম্ব_াংনা
যৌবনগী তাঙলবা মতমদা
কান্নদনা অরেম্বদা।
তুংহন্না য়েংখিবদা ঐনা
উরে হৌজিক্কি নীংখিনা
ঈচেল তপ্পা ইরেলশিং
অকবা হিয়াম লান্নরিবা
ঐনা পঙহুনা চঙলমত্রবা।
খল্লুবগা থোইনা রাই
ঈ:চল-ইবৈ কনবদো
ঐনা শোয়হুনা লানখিবা।
যৌবনগী মতম কাওবদি
অরা-অনং মান্নখি
ঙাকপীনবা লৈবনা তত্তনা,
ইদোম ঙায়রে হৌজিক্না
পাম্মুইদকো পুন্সিদো লাক্লয়োই।
হৌখিবা ঈহোল খল্লুবদা
শীম্বরকই পি মিত্তা,
খবাক্তা থূহুন্না শুহুনা
কপকদৌবদা মঙায়রে ঐনা
অরেম্বদা হৌজিক কান্নদনা।
কুপত্রে মিত্তম্থ পিবাংতনা
তোংগদৌরিবা হিস্থ মল্লক্লে,

হোৎবা নৌস্থ তেকখরে,
শোল্লবা খুৎনা হোন্দুনা,
য়েৌগনি লমথুংফম করম্না।
পাবী-ইমোম চাউদবশা !
চেকশিল্ল নখোয়গী হিদুস্থ
হিবম লান্না চত্তনবা
কাউগনু অহল্লশিংগী য়ারা।
পুসিনা লৈমল চল্লক্লগা
নখোয়স্থ নাংঙমদহুনা তুংদা
কপচগনি ঐগুম্না চাক্না।

---

# মীরায়গনু ওইবু

ভাবত্তকী ইচৌল-ইনাওশা চাওখৎপা পাম্বা।
চৎকান অশাংবা লম্বল, কাগনি চীংজাও,
লানগনি অপাকপা ঈপাক, ভোগনি খবকশিংস্থ,
লম্ফাংলবা তাইবং খোঙচত্তা ঐখোয়না শোয়দনা।
ঙমগদ্রা পাঙখোকপা হীবমশিং অসি য়েত্তনা ?
হুন্দাক্লগদ্রা ওইথবা খোঙ, খুৎ, মিৎ, নাবু ?
চুমই, মান্নবা য়াদে ওই-যেৎ অনিমক,
হীবম খুদিংদা কায়নদে অত্তবু অনিমক।
অস্থম্না কাবনবা য়াদে নুপী নিপা খক,
খংবদগী মবম অাস মুম্না ইপা-ইপুশিংনা
শীংথানবম্নিবনি নুপীবু ওই, নিপাবু য়েৎ হায়না।

য়েৎনা বল্লা থবক শূবগা পোখাদনা
থোনবী মতেং পাংলিবী ওইগী খুত্তা
সনা খুদোপ, ঘড়ীনচিংবা মমল য়াম্বা,
অত্তুম্বা থোনবীরি থোনববুদি মখোযদস্তু।
হকচাংগী ওই, য়েৎ চপ মাল্লন্দ্রবদি য়াদবগুম
যাবোই থবক খুদিং অনিমক মাল্লন্দ্রবদি।
নুপীবু যেক্তা থমত্তুনা ঈকাইখুম্নবা উৎলিবা
নোংচুপলোমগী জাতিশিংনা চাওখৎলিব'সিনি
নুপী-নপা মান্ননা শিংত্তুনা থৌবম খুদিংদা।
ওইনা য়াম্লবা মৈতৈ লৈবাক্তা করিগী থম্মীরি
ওইশিবু শেমগৎনবা মহৈগী শঙ রাৎনা,
কাবগী ঙাওতনবীবি যেৎ-শঙদা য়ানশিনবীত্তুনা ?
কনানা পুবীগদগে অফ ফত্তগী দোষ মখোয়গী ?

---

# ব্রারৌনুকো

(১)

লম্বোইবী পলেম ও!
লৈঙাং ফিজেৎ শেত্তুনা
খুত্তা ঝুল পায়ত্তুনা
কোকথক্তা য়েম্পাক তুপ্তুনা
কোক্তা তুবী উপ্তুনা
করিগী ভিক্ষা চৎলিবা ?

পারী ইবুংঙো নুংশিবা,
ইদোম লৈবী মপোক্তা
হরিগী মিংখৈ শোন্দুনা
কোয়না ভিক্ষা চৎলগা
পুন্সি লেনবনি ঙাইদুনা
মপাপ-ইপাপ কোরবা।

মীগী মপাল চাবদি
থোইনা হেন্না পাপ্নি
ঈশ্বরগী অচৌবা য়েরূবনি
মহৈ-মরোং থাবীয়ু
থবক অতৈস্ম শূবীয়ু
পুন্নিংতুদা লম্বোইবী ওইবীয়ু
ইশাদি সমাজদা তিনবীয়ু
মপুগী মপাওখোননি থনবীয়ু
য়ারোন্নুকো পলেমও।

( ২ )

চারিবা 'য়াম্বা ও!
নপাঙন্দি মকল্লি
থবক কন্না শূদুনা
চরৈ ফিনাল শেত্তুনা
জাতিগী সেবা য়াওখোনা।
করিগী অতোনবা পাল্লিবা?

ইদোম ঙায়রে ঐহাক্তি,
থুংখিদরে নীংবা কোঙ্গায়,
ঐনা খ্বাইদগী পিদোল্লে।

হন্দক্কী মপোক অসিদি
অস্নুম্না 'স্নুম লেল্লগে
শিবা তানবা ফাওবদি।

খেন্নবে রাখলত্তু য়াম্বা
নীংবা থুংবনি পেন্লহৈবনা,
মযামসি নচীল ননা ওনি।
থবক কন্না নোম্বীয়
লৈত্রবস্থু খঙনবা থিবীয়ু,
লৈবাক্ট অরাৎপা কবিস্নু।
মীওইবগী অরা নুংঙাইদি
মীওইবা ঐনা শেমজবনি,
ন্নাবৌন্নুকো 'য়াম্বাও।

( ৩ )

শেন্নিবা ইনাও ও!
নহৈ-নশিংদি তমত্রত্তুনা
কবিগী অত্নুম্না চৎলিবা?
হৌবদা ঙায়রিবা নঠাকি
লৈঙাবপদা হায়জরু অরাবা
লৈগদগে কবিগী অরাৎপা।

হোয়নে কগত্রা মত্নুনা
ঐসি ককংওনবেদা।
ঙসিদগী তোক্লগে নিবা,
থবক থিকবগে ঐহাক
সমাজ-সবকাব অনিদা,
লৈগনি ঐগী চাওখৎ-লম্বী।

পৈশা নিবদি ঈকাইদ্রগা
ঈকাইররোই থবক খিবদা।
চুমই ইনাও ইবুংঙো,
ব্লাখলহু য়াম্না ফজথ্রে।
পায়খৎপীযু চান্না পাঙথোক্লবা
ঙাঙবীগনু ফজনবা চীন্তদা
খুৎকা চীলগা মান্নবীয়ু।
চাওখৎমিগনবা হায়বান
ব্লাৱৌনুকো ইনাও ও।

( ৪ )

চৎলিবা ইতোল-খুড়া ও!
অমনা খোঙ য়াবীদ্রে,
অমনা মিৎ উবীদ্রে,
লেমজদেদা অহুম্না চৎপা
য়ুমদা ক্ষমহুনা হোৎনবীযু,
তৌবা য়াবা থবক পুম্বা।
হে ইনাও মুংশিবা,
পামজদবনি ঐখোয় অনিস্থু।
অস্থুম্না কোয়চৎ চৎলিবনি
গন্তি লৈত্রবহুনা ঐখোয়গী।
য়ুমগী মীনস্থু থোওইবীদ্রে
অহুনা চৎলবনি অস্থুম্না।
ব্লাখলহু খরা ফজদে,
য়ুমগী মীবু হুনকদে,
সমাজ ঐখোয়গী অচোম্বনি।
লৈকাই-সমাজদা হায়বীয়ু,

লৈবাক্কী অঙম্বদা হংবীয়ু,
থবক পীয়ু তকপীয়ু,
য়াদবা থবক শূহনা,
লেনগনি পুন্সি মুংঙাইনা।
য়ারৌনুকো খুড়াখোয়।

---

# নোংদোল লাইজা

লশিং মকোলবু উমজনা নীংথিজরবা,
অশংবা মনা মরক্তা শাৎলিবা,
অঙৌবা কবোকলৈবু ঙমজনা ফজরবা,
মালংবা মুংশিৎলক্তা কোয়পাই পাইরিবা,
অঙৌবা লৈচিল মপৈ অসি
য়েংবগী পেনবা নাইদবা শকফম্নি।
পাইখি অস্রম্না লৈচিল কয়া
পাইরক্লি তুংদস্ু মরী ময়ী।
খঙহৌদনা মমশিন্নক্লে মায়গৈ
ফুয়না হৌরকপা শংবান্নরবা নোংনা
কজহল্লে কোয়ৌথক শীহ্ুংনা নৌহৌনা
নীংথিজহল্লে মালেমগী দৃষ্টশিংস্ু।
অয়েক-হৈবগী নীংথিরবা খুৎয়েক্না
মচু মখল মথেলগী লাইয়েক তমহনস্ু
ঙমরোই থক মপোক অসিমগী লাম্বা

নীংঙমদহুনদা তোক্লগনি নোপ্তুনা মানা।
হৌজিক্তা শংবাম্নরম্বা শকক্ষম অদু,
মুশিল্লক্লে অসুম অসুম লোইনা,
মায়গৈ পূম্বা মমখে নোংগী মপৈনা।
মালেম পৃথ্বীবু য়োৎকে মতাগুম
শোবা মপুনা শাউহুনা তাইবংবু,
কুপলক্লে নোংথাং কাতু কাবল,
খাক্লক্লে অকিবা নোংগী নোংখাক,
শিৎলক্লে নুংশিৎসু কয়া কয়া।
নুংথিল চুয়া চাক্লা ওল্যাংলম্বদু
কোকথে হৌজিক নোংনা তাবকপদা
থম্মোই ঈংহল্লে তাইবং-জীব পূম্বা।
য়েংবদা তমথীনা উবা শকক্ষমশিংসু
অক্ষবা মীশক ওই হায়ম্বা খঙনবা
তাক্লিবোই নংনা থূদম ওইনা।
চুবিদা চেল্লিবা ঈশিংগী ঈচেন্দা,
শূমাঙদা থনগৎলিবা নোংম্বাহী ঈপাক্তা,
কোঙ্গাল কাবি মক্ষম থূদিংদা,
কাবক্লি, মাঙখ্রি, তাউথাখ্রি, চোংলি।
"মিকুপ্পগুম পানবা তাইবং-পুক্সিনি,
কোঙ্গোল তাকপগুম তাকখিনি, চেকশিল্লু।"
অসুম্না পাউরৌনবম্মী কবিশিংনা তত্তুনা,
অসিগুম্বা নতৌ অশিবু উবদা।
সমুদ্রগী ঈপাক্তগী মনিল ওন্দুনা;
চীং, তুবেল, লম্ফাং কয়া লাম্লক্তুনা,
নুংশিৎলক্তা পাইবকপা নোংগী-মপৈনা,

তাবৈ মকম খুদিং শিন্থু‌রেনা অম্ন-ম্ন।
তাক তারুবা মকমগী মতুং ইন্না,
খবনা চুপশিনখি, খবনা চেন্থখি,
তুংহৌই খবনা তাইবংবু থারুবা,
ওইখি খবনা পাম্বীশিংগী মচিঙ্গাক।
লৈকম-তুংকমগী মতুং ইন্না
তুক্কচৈ শোকপা কাওবা, শেংই অমৃতগুম,
অসুম্না তুক্কচনৈ, পাম্মৈ তত্তনা,
মীওইবগী মপোক্কা পোক্লিবা ঐখোয়বু।
লমচৎ কত্তবা মীনুংশি খঙদবশিংগা
তত্তনা তিন্নরিবা কত্তবা মীশিংবু
কবম্লবস্থু মানা পোক্লকপা মতমদা
তুক্কচনৈ খাইনা অমাংবা পোৎকুম্না।
লৈমাযদা লৈবিবা ঈশিং পুম্বসি
মাঙখিগনি কুইবক্লগা মনিল ওইনা,
পাংখিগনি আতিয়াদা কোন্ননা লৈনা,
তাবকখিগনি অমুকস্থ নোং ওইনা।
অস্থমনা অকা-অকুম তৌহনা লৈরিবা
নোংগী ঈশিংগী মতৌগুম ওইববা
তাইবং মীওইবগী মপোক্লি কুইদবা।
তেল্লবা মপোকসি অম্লত চেলহনসি
অকবা সঙ্গ তিন্দুনা চাওখৎহনসি
মত্নতদা কগনি তাইবং ঐখোব
চাজগনি নশানা থাজবা অমৃত-উহৈ।

---

# পূর্ণিমাগী অহিং

লুপা ফুদোংবা মচু মাল্লবা
থোরক্লে পূর্ণিমাগী থাজ তপ্পা,
কায়ক্লে নোংপোক চীংদোল লোম্না।
মালেম পুম্বা পুমঙৈং ঙৈংলে,
থাজগী চেংলৌ য়েংজবদা পেক্লে,
তাইবং থম্মোই মকা লাম্নরে।
তগুপ তরেংবা থরামিচাকশিংনা
ফজরে মণি-মুক্তা থেৎপগুম্না
অশংবা ফিজং মথক থুংনা।
লুপা মচু মাল্লবা মালেমদা
হৎলে অশংবা পামেল-তম্ফা
মচু মুরৈ মুথাংননা লন্তুরা।
ঙৈংনা শাৎপী লৈরাং থাবল্লেনা
সুংশিবা লৈনম য়েল্লক্লে তপ্পা,
লাইজা থক্তা শাৎলক্লে থবোনা
নিক নিক লাউবা ঈপাক থক্তা।
অহিংনি হায়বা কাউখিহ্লনা করিগুম্বা
য়াকায়বা য়াওরক্লে খোইমু ফাওবা,
পূর্ণমাগী অহিংগী ফজবা শকফমসে
শৈশক-শৈথা ওমজবা নত্তে।
তুম্বা থেঙহৌবা চেক্লা থরনা,
অহিংনি হায়বা কাউখিহ্লনা থক্লা,
তক্তি-কারল পাইরক্লে খোংহ্লনা,

হঞ্জিঞ্জগী নায়তোমদা কিজরক্কুনা।
ফজববা মালেম লৈথক অসিগা
অশংবা নোংথক্কী ফিজং অসিগা
শম্লগী অনিমক অমত্তা ওইনা
তাল্লবা মিৎকী ঙমখৈনা লোইবদা।
অহিংদা হৈনবা মী, শা, উচেকশিংনা
য়েক্লবা মতম্গি খল্লি হৌজিকনা,
রাবিনিদা তাইবং শেম্বা মপুনা,
করম্বা ঙমগদগে লোইনা পেলহনবা।
পূর্ণিমাগী থাজবু উজবা মতমদা,
পুক্লং ময়োল চোংথ্রবা মীশিংদো,
নীংবা কায়বগী তমথীববা তীম্না,
চিকথৎলবা মীশক্তি চেকশিল্লু তাইবং।
থাজ'াসগী চেংলৌ তমজবা কনাগুম্বনা
মালেমগী থাজ ওইহুনা ঙালহল্লি,
শান্তিগী মঙাল পীবীহুনা খ্বাইদা
লানবা ঙমহনবী তাইবং ঈপাক।
লাকখিগনি পূর্ণিমাগী থাজ কয়াবক,
ওইবকখিনি পূর্ণিমাগী অহিং কোঙ্গায়রক,
লাক্লরোই অদুবু ঙসিগী অহিং 'সিমক।
অসুম্না হৌখিবা লেপত্রবা তাইবং পুন্সিনি,
মসিবু খঙ্হন্দ্রা তাইবং মীশকশিং অদুদি,
পুন্সিগী লমথুং নীংথিবরোইদৌবা মীশক্তি।

---

# কালেনগী নুংশা

য়াক্লবা কালেনগী অকনবা নুংশানা
চাকখেৎকই মালেম পুম্বা শীঙ্খৎুনা
খাঙহল্লি জীব পুম্বা চোংথুনা।
পৃথ্রি-খোংবাল কংই থ্রক থ্রক,
কংলবা পৃথ্বী চৎলি লৈক্রক,
শিথহল্লি হৌরিবা পাম্বী 'পুম্নমক।
শারবা কালেনগী অকংবা লৈথক্তা,
তীম্থৎক্লা য়াংদৌ থ্রং থ্রং চোংথুনা
থরায়-হকচাং মাঙই কনবীনবা লৈতনা।
চাক্লবা, শারবা কালেনগী মৈচাক্তি
খাঙজৈ পামেল মরুমদা ঈংনা,
কাউহনবা ঙমই অঙৈংবা কুঞ্জদা।
ফত্তবা মীগী মিৎয়েংগী মৈচাক্তি
থোইনা চাক্লকই মফমশিং অহুদনা,
কোকপা ঙমদে কৈদৌনুংদা খক।
অঙৈংবা নোংদোল লাইজ ফংবদা,
ঈংলকখিনি চোত্তুনা মালেম পুম্বা,
অনৌবা য়েন্নীং হুল্লক্তুনা থুনা,
পাল্লক-শাংলকখিনি হৈরাং-লৈরাং,
জীব পুম্বা কোক্লখিনি অরাবা।
ফত্তবা মীশিংগী অথাবা মিৎয়েংনা
চাকখেকথ্রবা তাইবংশিংগী থরায়-হকচাংদি
কোকপা ঙমদনা মাঙখি থঙবীদনা

খ্বাইগী থৌজালগী মিৎয়েং কংহৌদনা।
চাক্লবা মৈশা থোকহল্লিবা মুমিৎপু
থুরুম্নবগুম্না লাইনি হায়না খ্বাইনবু
নীংবীরোই কনানসু মুমিৎ শাবশিংবু,
দশি পীনবা হোৎনরকনি খ্বাইনবু।
নত্রবসু, মশাগী মিৎয়েং মশাদা হল্লিন্দুনা,
চাকথেক্তুনা মাঙলনি নশা অমসুং মাগী বংশদা,
কাউকদে অসিগুম্বা মপুগী শিন্থাবোল 'সিদা।

---

# অচৌবা মী

মবল-মথুম য়ামনা লৈবা,
লৈবাক্কী অচৌবা খবক তৌবা,
মহৈ-মশিং য়াম্না হৈবা,
কৈয়াক থাবা শাগৈদা পোকপা,
মীশকশিংবু এখোয়না হেক্তা,
কৌই অচৌবা মী হায়না।
অসিগুম্বা অয়ানবা য়াখল অসিনা
মোৎহল্লি হৌজিক্কী এখোয়গী সমাজ,
করম্না কোকহনগনি হায়না খনবদা
য়াজদবা ঙমদে থম্মোই শোক্না।
নত্তে মখোয়দি অচৌবা মী অশেংবা,
কোগনি মখোয়বু চিংনবা লৈতনা—

ঈনাকখুনবা, অচৌবা থবক তৌবা,
মহৈ হৈবা, চাওখৎপা শাগৈদা পোকপা।
মশা-মউ ফজুনা রাং চাউরবস্থু
বৌবা যাদে অচৌবা মী হায়না,
শক-চুগী মতুং ইন্নস্থু যাদে কৌবা।
কৌগনি অচৌবা মী হাযনা
মীশক অহুনা অচৌবা গুণ চেল্লবদদা।
অচৌবা মী ওইবা পাম্বীবিবা
হৌজিক্কী ইবৈবাক্কী নহাবোলশিংনা
শংণশিং অহু নীংথিনা খঙবীহুনা
ইল্লবতদা ঙাক্তুনা মখোয অহুবুদা
ওইজবা ঙমগান অচৌবা মী।
অহুনন্নবদি নখোযনা নহৈ হৈহুনস্থু,
লৈবাক্কী খ্বাইদগী চাউবা থবক তৌহুনস্থু,
লাপ্পা লৈখে অচৌবা মী ওইবদগী,
অচৌবা মান্নবা তুক্কচববা হীদাক তৈহুনা,
হঙ্গাইহন্নবতনি মীশিংগী থম্মোইদা।
অচৌবা মী ওইনীংলবদি এখোযনা
চীংজাও শাজৎ চৎকনি :—
চী লেম্না লেপ্পুনা নোংজু নুংশা খাঙবগুম
অরা-অনা খাঙগনি চীংজাও ফিবেপ তমহুনা,
মশাদা জীবশিং য়োকপগুম নশানা জীবশিং যোক্কনি।
নংণগী হেবা, মণি, মুক্তাশিং য়েম্লোক্কনি লেম্না
মিহৌবা, চিংনবা লৈতনা মথৌ তমজহুনা।
নাপোমদগী চেম্থরকপা ঈচেলনা তত্তনা
তুরেলগী ঈশিং হুনবগুম চেম্থহনগনি নংস্থু

নশাদগী চেন্থখিবা থৌজালগী ঈচেলনা
ঈংহন্দুনা কনবীগনি জীবশিংগী থরায়-হকচাং।
তমজগনি হৈবাং-পামেল শাজৎ ঃ—
নশাগী ওইজবা থাদোক্কুনা কথোক্কনি লৈজবা,
অমৃত চেল্লবা তাউজংগুম্বা শংগী নফমদগী।
চৎকনি নক লুক্না মীপুম খুদংদা নোল্লুক্না
অহাওবা উহৈনা চুম্লগা মক লুকপগুম্না,
পেনবীগনি থম্মোইদা নচোংদগী কাঙ্খলগা।
ককচেং শাজৎ তমজগনি ঃ—
নবৈবাক-নজাতিগী য়াইফনবা হোৎনবদা
ককচেং শাজৎ চত্তুনা খ্বাইগী লুচিংবা ওইগনি,
মযাম খ্বাই চঙতুনা পাঙথেব্রবা থবক পাঙগনি।
অশোক রাখল খন্দুনা ঃ—
জয় তৌগনি থম্মোইবু থম্মোইনা ঈংনা,
অতৎ অখম লৈত্রবা প্রেম লৈননবা,
নুমিৎ-থানা হেক লৌবিবা মখে জগত্তা।
বীনা যন্ত্র তমজগনি ঃ—
নীংথিববা সুরগী খোঞ্জেল খোন্থোক্না
তাইবং পুম্বা ঈংহনগনি মতম পুম্বদা।
গান্ধী-শাজৎ তমজগান ঃ—
অহিংসা ধর্ম্ম নীংথিনা ঙাক্কুনা
নুংশিবীগনি জগৎকী জীব পুম্বা,
অচৌ-অাপশক, জাৎ ধর্ম্ম খাযদনা,
লোয়নগনি মীপুম খুদংগী মফমদা।
সরস্বতীগী মঙাল লৈগনি ঃ—
মীকোক থোংগনি নহৈ নশিং তম্বদা,

তম্ন-খোৎলুবা থূদিংদা হোৎনগনি খঙনবা,
হৈরবা নহৈগী জ্ঞান অত্থু ঙাক্কনি নশানা।
তরেৎ অসি মপুং ফানা লৈরবা মীদি
খ্বাইগী অচৌবা মীশক ওইগনি জগত্তা।
মপুং ফাদ্রবস্সু তবেৎ অসি তংখায় তংখায়দং,
লৈজরবা মীশকশিংদি অচৌবা মীনি।
অদুনা অচৌবা মী জগত্তা তাঙই য়াম্না
লৈতে মফম থূদিংদা কোয়থি থিবদা।
অশোক মহারাজ, মহাত্মা গান্ধীজী
ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী অচৌবা মীনি,
মখোয় অনিগী ম:শক-মঙান্দগী
ভারতনা ঙসি মী ওইজবা ঙম্লিবনি।

---

# প্রকৃতিগী শকলোল

প্রকৃতি কৌবী পলেম ও,
মহৌশা লাইবেম্বী ইমা ও,
শকলোল লিশিং পুরিবী,
নচাগী থোইনা চান্নবী!
খঙ্গরুদে পঙ্গগে হায়না
নহাক্কী চেংলৌ শক্তম্সু
কলমগী শৈশক তমদ্রিঙৈ।
থাজনীংলক্লে ইমাগী চেংলৌ

উজখিবা নচানা কোঙ্গায় :—
অঙাং নারা ওইরিঙৈ,
পম্বোগী পল্লিকোর লাম্রিঙৈ,
উরম্বী নহাকপু নচানা
নীংথিবী লৈরাং পাম্বীগুম,
অহাওবী তাউজিং মউগুম,
পোক্তবী পলেমগী চেংলৌগুম,
মীনুংশি খঙজবা হিংচাবীগুম,
রাখলগা চান্ন চান্নবা।
কালেনগী নুংশানা চাক্লবদা
অশংবা পোথাশঙগুম খল্লম্বী,
অতপ্পী ইমাগুম্না উরম্বী।
ঐনা খন্না চাউরকপদা
চৎলম্বী নোংমা শাউহুনা
অহিংগী তাংলৌ খেঙবদা
পলেম-পম্বোদা কেজহুনা
পুক্লিংগী অপাম্বা ফংজনবা।
ভূৎ-প্রেত শাবকই নংনা
পীবকই অকিবা শব্দ,
কৌশিল্লকই মচী অমদনা
মথুৎ হত্তুনা লোম্না
লোম্বোক্তবী মিত্তাঙবী শাহুনা।
ঐগী যৌবন মতমদদি
ছাত্র-জীবন্দা লৈখিবনা
উজখি ঈচম চম্না
খনবা শংখিদবা মরম্না।

ইলাইবক নেম্বা মবন্না
ছাত্র-জীবন লোইদ্রিবৈদা
তাজখি অরাবা মৈবক্তা
পন্থৌ শেংন-খাইনদুনা
মপুন্সিগী নুংথিল পোকবাপ্তা।
ইতিক-ইপা চাদনা
যুম্মু পোৎলুন্না নন্দুনা
মালেমদা ওন্না খাউদুনা
পন্থৌগী কোকলায কৌদুনা
খাঙজাখ হিরা নপ্তুনা।
মতম 'হুদা নংগাক্ত
নোংমা ফাওব নোক্লক্ত,
ননা থাইনা কপখাখ,
থোইনা হেন্না লানাখ।
অযুক অঙনবদা তৌদুনা
ইনা লোম্না খোংবদা
নমিত্তা থল্লশ্মী পিবাংনা।
নুমিৎনা থোবনপা মঙমদা
ঐগী চেংলৌ যেংলগা
পিগী ঈবা পবেংনা
মালেম লৈথক চাৎলকখি,
ঈশা ফাওবা চোৎহনখি।
অযাকপা নুংশাগী মৈশাদনা
লৈথোকখি চিন্তা তৌদুনা।
অহিং তালৌ থেঙবদা
তাইবং-জীব তুম্মথ্রবদা

হৌগৎলক্মী ঐনা নোংমা
নংবু তুম্বগ্রা য়েংনবা।
অহিং মিৎশেল খাওহুনা
লেপ্পক্মী রা ঙাওদনা
কাওহাই চামোর পায়হুনা
থম্মোই শোক্লা হিক্লা।
হায়বীয়ু নচা ঐঙোন্দা
খওজনীংই মহু য়াম্না
কনাগী মগুং লাংগীনো ?
ঐনা কোক ঙাওহুনা চৎপদা
ঐবু চিংনা য়েংলগা
নওক ফ্রৎ ফ্রৎ হাইখিবহু
লওনখিবরা নংনা ঐবু।
লোইদাম থাবুম ফারকপদা
অরাপ্পা লমদমদা চত্তুনা
থবক-ইন্থাং শূরকপদা
তাম্না পাক্লবা লৌবুক্তা
উখি অশংবা ঈথক ওইনা,
কুইরক্লগা উখি অমুক
সনাগী ঈপাক ওইনা।
লোইবী চীংথক কারকপদা
অশোঙবা লমদম চঙলকপদা
উখি সনা-লুপা ওইনা
মক্কম মক্কম খুদিংদা।
মতম অহু লোইখিহুনা
অকোকপা সহর মপুং য়াইদা

ইবৈবাক খোঙগল ভোম্ভুনা
ইজাতি সেবা য়াওজুনা
লৈজবক্লে পুক্‌চেল শেংনা।
ইপাঙ্গল মীথোইবা নচচম্বা,
ইহৈদা মীহেন্‌বা ওইজ্রবা,
ইবলদা মীমাম্নবা ঙমজ্রবা,
ইশক্তা মীনা শীংথানজ্রবা,
লাযববা ঐগী কল্লমনা
থুংলাই-পাঙ্গল ওইহ্নুনা
শোল্লি শোল্লি হোংনজহুনা
সেবা য়াওগে চোংথোকচবি
ভারত-মাতা ইমাগী।
হৌজিক্কী মতম অসিদা
ইমা নংগী শক্তমদি ঃ—
নীংথিনবী পলেমগী মওংনি
ভারত-মাতানা শাইওনবী,
মপুগী লিলা ফম্পাক্লি
নীংথিববী দৃশ্যনা ভিল্লবী,
ফজববী হৈকোল-লৈকোলনি
কবিশিংনা পামজবী,
অতপ্পী পলেম-ইমানি
নচাশিংবু নীংজবী,
য়াত্তবী পুক্কৈ-লঙ্গৈনি
তাইবং-জীব পূম্নগী,
ফিশং শেংপী ইমানি
তাইবং-শান্তি পীনবী,

থবক কল্লা নোঙ্খীনি
মিকুপ কাওবা পোথাদবী,
থাঙমদ্রবী শকলোম্নি
নশাগী নগুন্না ওইজবী।
খঙলে খঙলে পলেমও,
মীশক-মশক য়েংদুনা
চান-চানবা উত্তুনা
খ্বাই য়ানবা হোৎনদুনা
নথৌ চিনবী ইমানি।

তাং ১৫।৭।৬৩ ইং

---

# নোংচুপলোমগী মহৈ

হায়বগী পঙহায় হায়নবনি,
খনবগী পঙখল খন্নবনি,
ঐখোয়গী লমজিংবীবা ইয়াম্বনি

নো·চুপলোমগী মীশিং অসে,
অনৌবা ভারত-জাতি শেমগৎপগী,
অপূর্ব্বা নীংতম জাতি শেমগৎপগী।

জাতি, ধর্ম্ম, চৎনবী-লোনচৎ,
লোল, শক-চু, মীওই-মিতৌ,
মখল মথেল্লা থন্না লৈবা,

পাক-চাউরবা ইরৈবাক লমদমসে,
রারমগনি মখোয়না ইথক্তা পাল্লমদ্রবদি
অপূর্ব্বা ভারত জাতি শাগৎপদা।

পৃথিবীগী মবোল ওইরবা
মখোয়গী ইংরেজী তমহন্দুনা
অনৌবা জ্ঞান ফাওবকপনি,

ইরৈবাক্কী প্রজা পূর্ব্বা ভারতকী
ফোঙদোক্লখিবনি মবুক্লিং-ইবুক্লিং খঙনবা
ফোঙদোক্নরি হৌজিকসু চান্নহল্লি খোইনা।

মখোযগী ভারত-শাসন্না,
অমত্তা ওইবা রায়েন্না,
লাযহনখিবনি পুনর্জবদা,

ওইবান্নাই কনখৎপা মখোযনা ওৎলমদ্রবদি,
অরাবা কোঙ্গাষ খাঙলমদ্রবদি ভারতনা
ঙমলম্নোত মখোয়বু ঙম্নবা শক্তি শাগৎপা।

মিহৌ লাংদা থুদুনা
যেংথী রাখল খন্দুনা
য়োৎকে হোৎনবদগী মখোয়না

লৈকুমখিবনি মখোয় অমুক
'রাতোন্না রাংলগা কাক্লা ফমদেকপা।'
অচুম্বনি মৈতৈ-পাউরো 'দু অওইবা।

তোপ্পা লৈজে ঐখোয়গীসু
কিজেৎ-চাকচা, লমচৎ-ব্যবহার,
লৈবনি মখোয়গীসু অচুম্না তোপ্পা,

কৈ তম্বা-হৈজিনবা মখোয়গী মহৈদি
ফত্তে তম্বদি মখোয়গী সভ্যতাদি
মাঙহল্লকনি মতুনা ঐখোয়গী ইজ্জাতি।
খঙদ্রিববা হৌজিক ফাওবা
'লাংবিক হৈবা তোনাল্লি,
মহৈ হৈবা য়াম্লল্লগা ফংলকত্রে।'
হায়নরিবসি মিতৌ তম্বদগী ঐখোয়না
অহল-লম্মনশিংনা কবিগুরুদা শাউহুনা
ঐখোয়গী ফত্তবা অশোয়বা উরগা।
কাউনুসি অহুনা ফগৎহনসি থোইনা,
তমজসি মহৈগী জ্ঞানদি পৃথ্বী পুম্বদগী,
ভমন্নুসি ফিজেৎ-চাকচা, অকে-অমৌনচিংবদি।
নোংচুপলোমগী মহৈদি অকবনি ঐখোয়দা,
খেনৈ সভ্যতাদি মখোয়গীগা য়াম্না
কাউনুসি হৌজিক্কী ভারত-বাসীশিংনা।

---

# লমল পান্থী

পুক্লিংগী মালেম লৈকোয়দা
রাং-চাউনা হৌরিবা
লমল পান্থী পামেল মউদা
মশা লিশিং লোঙলি কম্না।
পাল্লি তাউজিং হৈরাং কম্না

তলা মশা থৃদিং শীন্থ্ননা
মখল মখেলগী উহৈ—
অখা, অয়াক, অথুম, অশীন।
তাউজিং খরনা অমৃতনি,
হেকউ, চাও, য়েল্লু মীঙোন্দম্মু।
হেক্নু অখাবা তাউজিংশিং'ন্থু,
শিজগনি পাম্মুরবা নশান্থু,
পীরুনু মীঙোন্দম্মু হেক্তুনা
শিদোকখিনি পাম্মুরবা মরুপ্তু।
অরাংবা মশাগী য়েত্তা
নীংথিনা পাল্লিবা উহৈ'সি
সনা মচু মানবা'সি
অথুম্বা অমৃত-তাউজিংনি,
হেকউ, চাও, য়েল্লু নোক্সা
কাম্নগনি নখোয়-ঐখোয় লেপ্পা।
মীনা নখোয়দা তৌরকপা অফবদা
শিংখিনবনি লমল হেক্লগা পীন্থুনা
'তৌবীমল তাউজিং'নি মসিনা।
ওইথংবা অরাংবা মশাদা পাল্লিবা
তাওজিং'সি মতু চোম্বা
হেক্লনু মসি, চারুনু খক,
'য়েংথীমল তাউজিং'নি মসিনা।
মাঙগনি নশাম্মু, মীশাম্মু শোয়গনি
তাউজিং অসিগী মহূনা।
খ্বাইগী মতোন্দা পাল্লিবা,
অরংবা মতু চোম্লিবা উহৈ' সি

'মীহাৎমল তাউজিং'নি মসিনা।
হেক্ক্না হৌজিক্কী ভারত-বাসীশিংনা,
লৈবাক ঙ্গবাং হৌহনগনি,
নখোয়-ঐখোয় ঙ্গানগনি,
ইবৈবাক-ইজাতি লৈখা তাগনি।
লৈবাক্কী রাযেল-শাসন ফন্তবা,
অচুম্বা বিচাব লিংদবা মফমদা,
হেক্কবদগী মীচম্না পঙ্ক্ষনা,
অরাবা কোঙ্গায তানখি,
নংগনি হৌজিকস্ত হেকপু হেক্ক্রবদি।
লৈঙাক শাসন পায়বিবা
হৈশকসিবু খঙলবা হৈ হেকপনা
হেকচসিস্তু হৈশক খঙনা
পীখিনবা পীকম মফম চানা।
অংকোযবদস্তু পাল্লি উহৈশিং,
তলা মশা থুদিংদা থম্না—
চানবীমল তাউজিং, মীবাইমল তাউজিং,
নুংশিমল তাউজিং, অয়োকমন তাউজিং,
অবাযমল তাউজিংনচিংবা কযা।
হেকপা য়াই হৈ-শিংনা ইশানা
চানবা য়েংহনা পীখিনবা কবিঙ্গদা।

---

# মীওইবগী য়েক্লবা

খনবদগী ভসি অযাম্বনা শেবান্নবা
মশক-মীশক খববু যেক্লবা ওইনা
মাঙহন্নবা হোংনৈ, হাংস্লু হাংনৈ
থাদোকপা ঙমদ্রবা হৌবকপগী শাজৎ
মখোঙ মবি পানবা শা ওইবম্বা।

মদুগী অচুম অবান থিগৎপদা
কান্নদনা মাঙহল্লে ইপাঙ্গল-ইরল।
রাযেল শঙদা মাঙহনখ্রে অবেম্বদা
প্রজা-সবকাব ঐখোযগী লৈজবা পূম্বা
চাওখৎ ফিদম তানবদদি হোবৎহৌবে।

মীওইবা ঐখোযদি যেংথীনফত্রবা পোকমিন্নবনি,
ঐখোযবু রাহল্লিব শং অদু ঐখোযগী যেক্লবনি।
ফত্তবা শাজৎ, যে থীবা পুকচেল, অতনবা, শাউনীংবা,
মাঙনবা খনবা, পুকচেল পিকপা অমস্তুং নীংবা কায়বা
তরেৎ অসিনি মীওইবগী অচৌবা য়েক্লবদি।

অদৈ রাংলিবা যেক্লবা লৈবশিংদি
ওইহনবনি মখোয তবেৎ অসি তিন্নহনা।
মখোয যেক্লবা তরেৎকী লাঞ্জঙনা
রাহল্লি তত্তনা মীওইববু মিকুপ খুদিংদা
থোকহল্লি অশান্তি তাইবংবু তত্তনা।

তবেৎ অসিনা লাযচুববা মীশিং অদু
ঐগাদি চান্নবনি খল্লি ঐনা তশেংনা।
অদুবু, পুকোক্কী রাখন্না কুপখিহনা করিগুম্বদা

কাউথোকখিত্নুনা ঐবু ফাওবা নংহল্লি,
চুইবদি কুইদে, অত্নবু ব্রায়দা ফাজ্জিনবা হোৎনবদা।

কোঙ্গায লৈবদগী মসি শুপখন খনবীদবা,
মীওইবা অসি মিংচৎ থীহল্লেদকো পাম্মুইদা।
ঐনা কাউথোকখিবস্মু খন্দবশিং লৈবদগীনি,
ঐনদি নুংশিজৈ মখোয়বু থাঙ্গেশেংনা,
মখোযনদি খন্দ্রবনিনা ঐবু পাঙদবা-অপঙ তাহল্লেদকো।

ফনা কুইরক্লে মীওইবনা লৈবকপা
চাওখৎলে ফনস্মু হৌজিক ঐখোয তশেংনা।
ঙমদবা যাওবকত্রে মীওইবনা থবক খুদিংদা
ঙল্লকখিগনি অতৈস্মু হোৎনবি পাঙথোক্লবা,
যেকচবদ মঙাযবে মসিমদি অঙোবা চেবাংথক্তা।

কবস্মা শক্তিনা মসিবু জয তৌগদগে খনবদা
লৈবমন্ত্রে মীওইবগী অতোপ্পা শক্তি অমত্তা।
অমদি লৈরে অত্নবু মতমদি চঙবতাই,
নুপী-নিপা পূম্বা মহৈগী জ্ঞান লৈবা তাই,
অত্ন নত্ত্রবদি শাগী শা অত্নম ওইখিগনি।

---

# সাক্ষী

সাক্ষী নহাক্কী নগুণ'সে
ওস্থোক্লা চাউই মালেমদা।
মতু শোল্লবা লাঞ্জদবা মীশিংবু

কনবীনবা হোৎনবীবি অচুম্বা চৎপীহুনা
চোংথোকপীহুনা ধর্ম্ম চেনবশিংগা লোয়ননা
সভা মমাঙ অমস্থং স্নায়েল-শঙদা।
নংগা ভিন্নজবদগী মীশকশিং অহু
মীপোক-মীকনবা শক্তি ফংই,
উপায় লৈজক্রবশিংগী মিৎকী পিনা
শেংদোকচরি মখোয়গী মখোঙ থম্বালবু।
পেনবী মখোয়গী খম্মোইনা মহুদা,
হয়াও জগোই শামিনৈ পেন্দুনা,
খোয়রুম মীনোক তশ্মিনৈ য়েংনহুনা
পুল্লি চেৎনা নুংশ থোপীনা,
থাদোয়দনবা অমগা অমগা কৈদৌনুংদা।
অসিগুম্লবা মতম 'সিদা নংবু
ধর্ম্ম রাজগী শাইওন্নি খল্লি,
অম্সুম্মা কনবীরি, পীবীরি দণ্ডিস্থু,
মপুগী শিম্থারোল কায়দনা তাইবংদা।
অহুবু, থাজদনা নংবু করিগুম্বা মতমদা
ঈনাকথুনবশিংগী শেম্না লৈহুনা পুবগা,
অকনবশিংনা তাৎ তৌহুনা ফাবগা,
মাঙহল্লি অশোনবা লাঞ্জক্রবা মীশিংবু
ফত্তবা মীশিংগা তানহুনা মরক মনক্তা।
অশেংবা মীহাৎপাশিংগী মীচঙ চঙহুনা
লাঞ্জক্রবশিংবু ফাঁসী শগাই কাহনাখ,
হুবানবা, ডাকুবু লোত্তুনা কল্লগা
অচুম্ববুস্থ করিগুম্বদা দণ্ডি ফংহল্লি।
মহুগী খল্লবদা নহাক'সিবু ঐনা

মতু হৌদবা অপাইবা শানি খল্লি।
মহুগুম্বা শাজং তোয়বকপনবা খঙয়ে,
অশান্তি থোকহল্লে হৌজিক্কী তাইবংদা।
মনাইয়া নংবু অশিংবা উকিলশিংগী,
হূবা নংসে কন্তবা রায়েনবশিংগী,
পুকচেল অবেপ্পা লৈতবরা নংগী?
কাউরববা নহাক মমাঙৈগী দশাদো
থোববা রায়েল-কাতিনা চপখিবদো।
নীংশিংহনা মহু হম্বাননা খল্লগা
মপুগী শিম্বাবোল কাযদনবা চত্তুনা
শেম্মুনা কৈদৌগে হৌজিক্কী সমাজবু
অশান্তি মাঙহল্লগা শান্তি ওইহল্লু।

---

# থম্মোইগী লম্মৈ

পাক্লবা মীওইবগী রাখলগী লম্মাংদা
তত্তুনা চাক্লকই খঙহৌদনা লম্মৈনা
কল্লক-য়েংথীবগী মৈবানা চূহুনা
লোম্না নত্রগা অক্ক শানা কনাগুম্বনা।
পিক্না হৌবম্মী অহানবদা মুংশি মুংশিনা
থোশারুদে মবাইনা মুংচখিগনি হাযনা,
মৈরিকপীনা মৈজাওবী হৌবগুম চাক্লক্কুনা
হেঙ্গংলকই পাকথোক-চাউথোবকপা লম্মৈ'হু
মুংথংপা হৈতবনা নত্রগা পাম্বৈ লৈতবনা।

রানা মুৎথৎচগ্রবস্তু মতম চঙনা লৈম্মে'হু
হন্না হন্না চুখৎলকই ফত্তবশিংনা
নুংশি হৈতবা শাজৎকী মৈবুল চূহ্নুনা
চাউখৎহল্লি মৈচাক অমুক্কা হেন্না।
পাম্মাইগী কাচিন্দা থুপ্তুনা লৈবস্বা
শাউনীংবগী নুংশৎনা ইপোম হৌরক্তুনা
মেচাক হেঙ্গৎহন্দুনা তমথীবা লৈম্মে'হু
চোংহুনা খাঙই থরায়-হকচাং পূম্বা।
মহুবু উবগা ফত্তবা মীশিং অহুনা
হবাওই যেংহুনা খুবাক খুর খুবহুনা
খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই মাগী মকপশিংদা
পমৈ মখোযনা চোংলবহু উবগা।
তুগী রাখল খনবদগী মৈচাক কংলবদস্তু
খাঙজৈ মুৎচখিগানি, মাস্থ চারক্কনি হাযনা
মংথৎনবা হোৎনজৈ মিৎকৌ পতনা।
হন্না হন্না থাবকপা লৈম্মে কয়াবু
মংহল্লি লাযনা ঐ মশক খঙবশিংনা,
হন্নহুম চাকহনখি মৈ চুবশিং তমহুনা
চাংহল্ল নীংঙমদবগী মৈচাক্কা লোয়ননা।
নপাপকীনি হাযনা খনবদগী হেন্না
নোংকউদে মখোয়না করিগম্বদা পেন্ননা,
নতাশিংগী লমচৎনি মসিনা তশেংবা।
হৌজিক্কী ভারতকী নহা-অহলশিং
চৈংবাক সেবা তৌমিন্নবিবা অপূম্বা
অসংগুম্নবা নুংশিহৈত্রবা লৈম্মে থাগত্তুনা
শীনবীগনু রাননবা নখোয়-ঐখোয়গী

খুৎলাইনি মন্থনা লৈখা তানবগী।
খোয়রুম মীনোক ত্তোনা লেনমিন্নন্থনা
পুন্সি নুংশাংনা পান্দুনা ঐখোয়না
চাওখৎ-ফিদম তান্নবা মালেমদা
শান্তি-লাইজা খিক্লসি থম্মোইদা
মীপুম থুদিংগী ঐ-শিংবু পেলহনসি।
মপুগী লৈকোন্দা শিদ-উপাল থাবন্নবা
তোংনসি নখোয়-ঐখোয় চঙন্থনা কন্না,
কবিগী ঙমদগনি লিংজেলবু মান্নববদি
চাওখৎহনগনি মন্থনা ভাবতপু মালেমদা।

---

কবিনা

# লৈবাক শেম্বরা

লৈবাক্কী নেতা ওইবশিংনা
মজাাত মীয়ামগা লোয়ননা
শেমজৈ মবৈবাকপু চাওখৎনবা,
রাজনীতি দলশিংনা মন্থগী
খুৎলাই-পাঙ্গলনি তশেংনা
হৌজিক্কী অনৌবা মালেমদা।
অঙ্ক, ভূগোল, সাইন্সনচিংবা
লেংলিবা কলম পায়বশিংবু
কবি হায়নদে কনানস্থু করিগুম্বদা।

কৌনববস্থ অযাম্বনা কবিবু
মরু ওইনা কবিতা লেংবশিংদবু
কৌরোইদৌবা লৈতে মখোযবু থক
রাবেংদা মবেংলবস্থ কনাগুম্বশিংনা
কবি-কলমগী মমিবু তাহল্লবদা।
অশাবা কবিগা থম্মোইদি
অনৈবগা অরুবগা যাম্নববা
লাইজা ঈশিংগী পাংথর্কনি।
কল্লক রাখল শীজিন্নদুনা মখোযনা,
কত্তবা শরৌ শীন্দুনা কবিগুম্বদা
হেন্নবা হোৎনৈ মখোযবু অহেনবদগী
মদুনা চেম্বৎল্লি কবি শাগৈবু।
লিক্লাই মহীগুম্না লুববা লাইজগুম
লূই অশেংবা কবিশিংগী থম্মোইদি।
অরাংবা চীদোল, লুববা সমুদ্র,
শাববা মরুভূমি, ঈংলবা লমদম,
অরাবা, নুংঙাইবনচিংবা খূদিংদা
মক্ষম, মতম পূম্বদা যৌই
রাখলগী দোলাইদা তোংদুনা মখোযনা।
মথক থোংবা কবি কাওগৎলকপদা
মখোযগী শেংলবা থম্মোইগী লৈকোম্নুংদা
পেনবী হৈবী লৈবাং শাৎকাযদুনা
কৎচৈ হেক্রুগা মাগীদমক মপুগী চরন্দা
মবৈবাকী নুংঙাই-যাইফ ওইরক্লবা।
মাগী থম্মোইগী কাচিন্দা লোৎলিবা
রাখলগী লংজা লংদুমগী মচীল

পিগ্রবা কলমগী মচীন্দা হাপ্তুনা
অতৎ অথম লৈতনা চিংথোবক্কুনা
অঙৌবা চেবাংথক্তা হাপ্তুনা থম্বদা
লোইবা নাইদে চিংথোবকপগী খক।
লংলাগী তুথুপ তুথুপ খুদংদা
থুম্লবা রসনা থম্না যাওহুনা
পেলহল্লি অয়াম্বা থম্মোইশিং
লংলা লংশক খঙজববা মতমদা।
লংহুম অহু অচম্বা নত্তে
ঈশ্বরগী শক্তি চঙলবা অবংবা
সনাগী লংলা লংহুমনি অতাঙবা।
চেবাংথক্তা তাবিবা মমিহুনা
অঙকপা শাইওন-শকলোল ওন্দুনা
মুংশিববা ঈশৈ শক্লকই খঙহৌদনা
পুং, যন্ত্রনচিংবগা লোযননা তাল নাইনা।
তাজবদা অথুম্বা সুব-বসপু
কপচৈ, নোকচৈ মহাক্না অর্থ খঙনা,
মমিত্তগী তাবকপা অকপ-অনোক্কী
পিগী মখিক্না কলমদা তাবগা
হেনগৎহল্লি মতিক-মগুণ কবিতাগী।
শক্লম্বা ঈশৈ লেপখিহুনা কবিগুম্বদা
লীরকই অমুকস্তু গুংঙাইববা রাবী।
লৈখল লৈচু হাপ্তুনা লেংলবা
হৈ শিংলবী মালিনীগী লৈবাং পবেংগুম্না,
লৈখোক অমত্তদা পূম্না শাৎপা
মখল মথেলগী লৈরাংগী মতৌগুম্না,

পেলহল্লি কবিগুম্বদা অয়েংবা-অতাবশিংবু।
হৌখ্রবা, চৎলিবা, লাক্কদৌবশিংগী
লমজিং পাউতাক্কী মশেক-মঙাম্না
ফাওহল্লি মীপুম খূদিংবু জ্ঞানগী মঙাল।
মঙালগী মশেক্না ঙান্দুনা খ্বাইনা
পাঙথোকহনবা ঙমই মবৈবাক শেম্বদা,
চাওখৎহনবা ঙমই তাইবং-জাতিবু
মশা চাওখৎপগা লোয়না লোয়ননা।
নেতাশিংগী কোকলেন লুচিংবশিংস্তু
সনাগী লংচুম থম্মোইদা থমজবা
মীশক্তুনি তশেংনা চাউদ্রবস্তু লংচুম,
অতৈ নেতাশিংনা মঙাল ফংজবানি মাগী।
ওজা ওইবদা অপোইবা মীশকস্তু
কবিগী মগুণ লৈবনি খবদস্তু
তানশিঞ্জতুনা ওইববস্তু মশানা।
মখলমগী মীপুম খূদিংগী থম্মোইদা
খবদা ওইববস্তু চেন্দবা য়াদে
মসল্ল য়াম্লবা কবিগী মগুণ
যাম্মন্দত্তুনা খঙদবদগী তৌবনি,
অত্তুনা মীওইবনা নিংগৌ ওইবিবনি
অস্তুক য়াম্বা জীব পূম্বগী।
যাম্মন্দ্রত্তুনা শীজিন্নবা ঙমদ্রবদা
কনাওম্বগী মপূং ফাবনা মঙান্দগী
হেনগৎহল্লি মখোয় শক্তি
অত্তুনা ঐখোয়গী মী ওইরিবনি।
মীওইবগী পুন্সিগী থৌরম খূদিংদা

হিনাও শাবনি কবিশিংনা লেপ্পা
হৌজিক্তগী নত্তে মসি থায়নদগীনি
হৌজিকস্থু ওইবি, ওইহৌগনি তুংদস্থু।
অদুনা মখোয় অসি অচৌবা,
লৈবাক শেম্বা মীশক্তি তশেংনা,
জাতিগী অক্ষ-ফত্তদা লেপ্পমক,
মখোযগী মথৌদাং য়াম্না য়াওবি।

---

# পুন্সি-কৈথেল

হে নবৈবাক নীংলবা ইচীল-ইনাওশা,
নীংতম্লবা অনৌবা ভাবতকী প্রজাশা!
পুন্সি-কৈথেল কাবকপদি নীংতম্না
লাকপগে অনৌবা কবি পোৎ পুদুনা,
মতম মতমগী চানবা পোৎশক য়েংদুনা,
শেন্দোং ফংনবা নখোয়গী পুন্সি-কৈথেলদা?
ফংনখি নপা-নপল, নচেম-ননেমশিংনা
মথল মথাগী শেন্দোং-শেন্মাঙ,
নোকখি, কপখি, ৱানখি, পেল্লখি
মতম অদুগী পুন্সি-কৈথেল কাবকপদা
মখোয়গী হৈ-শিংবা অমদি হৈতবদগী।
মতমগী সুংশিৎনা পুবকপা অনৌবা নোংজুদা
চোৎলবা নোংলেন লাইজনা পুন্সি-মালেমদা
হৌরবনি মতমগা চানবা পোৎশক্তা থম্না।
খণ্ডরবদি অরি-অনৌ পোৎশক ঐখোয়না

ৱাজগনি মহুৎ মাঙহুনা খোয়শাওননা,
পোৎশক খঙলবা জ্ঞান লৈবশিংদনা শোয়দনা
ফংহুনা হৱাওজগনি শেন্দোংনা শেন্দোং,
কাউনুসি ৱাখল অসি মনুং মতম চাবিদৈদা !
পামহুনা নীংথিবা শেন্দোং মপুং ফানা
হোৎনৱবদি নখোয়-ঐখোয় কনাগুম্বনা
নত্তবা-অবানবা ৱাহৈ হায়জিন-খোাচন্দুনা,
ৱাজনিকো শেন্দো°-শেল্লপ মাঙহুনা।
খাঙজগনি ওন্না খোইনা কপ্পা চো হুনা
খঙখ্রবদি নখোয-ঐ:খোযগী ইবাল কনাগুম্বনা,
তৌগনুসি অহুনা ফত্তবা মতম পুম্বদা।
মীপোৎনা নপোৎ শাহুনা তাংহুনা য়োল্লবদি
ফংজবোই মপুং ফাবা শেন্দোং খক,
তোক্কনি মতমদা শিত্তুনা ওইজবা ফংদনা।
পান্নবদি অচৌবা ফুবা-দলালদা লৈহুনা
কোলোয় মিংচৎ চৎপা তাব° পুন্সি-কৈথেল্ল°দা
হেকচিল্লু মহৈ চুম্বা মহৈ-মৱোং পাম্বীশিংদগী
অহাওবা, নুংশিবা হৈৱাং-লৈবাং পাম্বীশি°দগী।
মতম মতমগা চানবা পোৎশকশিং পু:থোকউ
নখুৎনা শাবা, ৱাখন্না পুথোকপা অনৌবশিং,
পান্নবা মতমগা চানবা কান্নবা ফংহুনা।
হন্দক্কী অনৌবা তাইবংগী পুন্সি-কৈথেলসিদি
নত্তে লৈগদৌবা নবল পৈশানা অপাম্বশিং,
নত্তে পুখিগদৌবা শেন্দোংগী শেল শেঙ্গাওদা,
পুনখিগদৌবনি শেন্দোং নপোৎ-ইপোৎশিন্নহুনা,
ৱাজনি অহুনা য়াবীদ্রবদি নপোৎতু শিন্নবদা।

নপোক্তি য়াওদনা কারক্লগা কৈথেলদা
মীগী মপোৎ লাক্তুনা, হুরান্দুনা হোৎনরবদি
রাজনিদা নহাক্কী পোকওমত্রব। মপোক্তা য়াম্না।
পূম্নমকসি লৈরে লোইনা নং-ঐগী হোৎনবদা,
অদুবু লুখ্রে লম্ফাংলব। লম্বী অমম্তুং সঙ্গদি
নং-ঐনা পণ্ডলবা অমস্তুং লাইবক থীরবদি
অনি অসিনা মাঙহল্লি তাইবংবু তত্তুনা।
হোৎনৌ হনখিনবা অঙানবা পূত্যগী লম্বীদা,
ফংগনি য়ৌরগা মুংঙাইরবা নয়ুম
অমাঙ-অতা লৈত্রবা মপুগী মনাক্তা।
হনগ্রবদি নখোয়না অমম্বা পাপকী লম্বীদা,
রাজগনি নখোয় নমথী-হঙ্গোই মরক্তা,
লম্বী অনি অসিদনি লৈরিবা হনখিনবদি,
অদুবু লুখ্রে মশক খঙবা অনি অসি।
নয়ুম-ইয়ুমদগী থোরকপদদি নশা-ইশাদনি,
তানগদৌবনি পূম্নমক অসি চৎনা চৎনা
য়ৌবরা ফাওবদা মীপূনক্ম কৈথেল'দু
তোকপা লৈতবনি হোৎনবদি পূম্নমক ফংনবা,
হনখিগদৌবনি পুন্নুনা শেন্দোং-শেন্মাঙতুদা
কয়াদা লুখ্রবনো খনবদা তু চুংদ্রিবরা 'সিনু।
মপুগী শিন্থা কায়দনা চৎলিবা মীশিংদনা,
ফংগদৌবনি মপুং ফাবা অফবা শেন্দোং,
অদুনা হংজিল্লু করম্বা শিন্থানো মাগী,
তাকচরক্কনি মরাইনা অখণ্ড-অহৈশিংনা,
হোৎনৌ ইন্দুনা পাঙথোকনবা শোয়দনা।

---

# ভারত-ইশানা লৈঙাক্লে

ভাবতকী নহা-অহলশিং য়াউফবা !
কৱিগী মুংলাংলি করিগুম্বদা নখোয়না ?
হৌখ্রে লাক্লরোই অমুক মীরৈবাক-শাসন,
চংখ্রে মীনাইগী পুন্সি ঐখোয়দগী,
মপুনি হৌজিক ঐখোয় থৃদিংমক,
পাক-চাউববা ভাবতনি ঐখোয়গী,
ভাবত-ইশানা লৈঙাকলে, লৈকল্লে।
শোম্নবিবদাই নখোয়-ঐখোয়না তত্তনা—
হাংন-থিম্নবা, খংন-চৈনবা তোয়,
হেনগংলকই ফত্তবা লমচং হায়না,
রাকনু মতুগীদমক কোকপা হৌবক্লে,
তৌজবিবনি হৈতহুনা মশাবু রাবকচবা,
তোকচবক্লি কনাগুম্বনা ঈকাইহুনা খন্থবদা।
কিনবম্বদাই থায়না তুজং-মাঙুংনা
হায়হুনা যারা অসি তত্তনা—
'নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা খেংলি।'
মপু-চৈবাক কিবদগী মতম 'হুদা
ফনবম্মী লমচং-শাজং মীওইবগী,
ফংলমদে নীংতম-রাঙাঙদি কনাস্নু
ককথংলম্মী মনৈ ফাওবা কবিগুম্বদা।
ইনীং তম্না ঙাঙলে হৌজিক্কি,
নংস্নু ঐস্নু কাবা য়াই মীখল,
তোকচবনি মতিক চাদহুনা ঐখোয়না।

অপাম্বা নহুৎ-নরেংস্থ থাগৎলূ,
লৌথোকউ পামদ্রগস্থ নংগী নহুৎ,
ভারত-ইশানা লৈঙাকপদা অমোৎপশিংবু।
লৌথোক্কনি পামদবা অচৌবা শাবশিং,
ফংলবদি মতিক চাবা মরালগী থবক,
হাপচিনগনি অনৌবা অক্ষবা থুনা,
নখোয় ঐখোয়গী ইনীং-ইখানি।
ক্ষাত্রিবয়া মসিবু খল্লুনা অদুক ?
কবিগী পেন্নদ্রি নং-ঐনা পণ্ডদুনা
মতিক চাবা ইগুণ চেন্দ্রগা
নখৌ ইথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রগা ?
অমৃতনা থল্লবী, মহৈ-মবোং চূল্লবী,
সনা-লুপা রাক্তবী, মণি-মুক্তানা থাম্লবী,
ঋতু শুনা থোগনবী, লৈহাও চেল্লবী,
ধর্ম্মশিংগী হৌক্ষম ওইববী, রাত্রবী,
ভাবত-ইমাগী মচাশিংনি ঐখোয়দি।
মখাংবামদা লৈবি শন্দোক্তুনা ঈংনা
পাক-চাউরবা সমুদ্রগী ঈপাক্লা
ইমাগী অশোয় অঙাম ঙাক্তুনা।
লৈরি অরাংলোমদা হিমালয় চীংশাংনা,
অঙৌবা উনগী ফিজোল শেত্তুনা,
য়েক্লবগী লাম্থেং ঙাক্লবা অহিং-নুংথিল।
করিগী চিংনবগে নখোয়-ঐখোয়,
হোৎনসি মতিক চাবা লৈঙাকপা ওইনবা,
ভারত-ইশানা লৈঙাক্লে হৌজিক্তি।
মীনোক লাকহনগুমসি, হোৎনসি,

ঐখোযনা ইমাগী মিংচৎ থীহনগুমসি।
মচা চামা পোকপবুদি ঙমখি
মচা মঙাদা পোকপীনা অহৈঙৈ,
ফত্তবা মচা লিশিং অমনা লৈবদগী
হেল্লি অফবা অমত্তা লৈবনা,
মীশীং য়ামদ্রবা অপিকপা লৈবাক্কী
বৃটিশ জাতিনা পাল্লম্মী পৃথিবীশিঙ্খ্রংনা,
কাউন্নসি য়ারা'সি য়াইফনবা লেপ্পমক।
থাঙ্গৎসি পাম্বোম রাংনা নোক্লা
ভারতকী জাতিগী ফিবানবু রাংনা
উজাসন্নু পৃথিবীগী জাত খূদিংনা।
অঙ্গীংবা স্নুবনা শকসি রাংন',
ভারত ইজাতিগী ঈশৈবু ঐখোয়না,
তাখিনবা তাইবং-জীব পুম্বনা।
চাওখৎকনি মজুনা নখোয়-ঐখোয়গী,
হবাওগনি ঐখোয় পোকপী ইমানা,
ওইঙমলোই মসি পুম্বা থক,
নখোয ঐখোনা মতিক চান্দ্রবদি;
মহৈগী মঙাল ফাওবা ঙমদ্রবদি।
মাচতন্দনা হোৎনসি মিকুপ অমা ফাও,
থুংগনি শোয়দনা নীংবা কোঙ্গায় ফাও,
লৈবে পুন্নমক'সি নখোয়-ঐখোয়দা।

---

# পৃথিবীগী অপুন্বা শাসন

( One World Government )

পাক-চাউরবা মালেম পৃথিবী'সি
মপান নাইদ্রবা মালেম লৈ:কোয়'সি,
হায়নরি মপুগী লিলা কম্পাকনি,
শোম্নরি নুংঙাইরবা অশেংবা মক্কমনি।
য়েংলি মহাক্না ঐ:খোয়গী ইতৌ লোত্তুনা,
নোক্লি তত্তুনা, কপ্লি তোয়না উত্থুনা,
ঐখোয়-নখোয়গী থবক-থৌরম খূদিংদা,
অন্না-অনা, নুংঙাই-য়াইফ খূদিংদা।
হাক্কন্নরি রাবীহুনা লান্দবশিংগীদমক,
লাক্কবীার দণ্ডি পীবীনবস্থু অরানবশিংবু।
কংজদে পোত্থাবা অস্থুম্না হোৎনবীবদা মহাক,
খন্তনদ্রি রাক্কম অসি অপঙবশিংনা খক,
কাউথোকই অশিংবশিংস্থু খঙনা খঙনা,
তেক্তা মাঙই মশাগী অচুম্বা রাখলদ্রু,
মাঙনবগী মশক ওইরবা মায়ানা কপ্তুনা।
পামলিগনি মানদি পৃথিবী পুম্বনা,
শাসন অমত্তংগী মখাদা লৈহুনা,
জাতি পূম্বা চেৎনা-চান্না লৈমিন্নহুনা,
শান্তি ওইনা পানবা তাইবংনা,
শা-লাল, খৎন-চৈনবা থাদোক্তুনা।
খঙনরমদে থায়নদি নক্লবা মক্কম ফাও,
শাসন কম্না থায়দোক্লম্মী তোপ্পা তোপ্পা,

খঙনবক্লে হৌজিক্তি পৃথি শিন্থ্ংনা,
তাদবা-খঙনদবা লৈনরকক্রে মকম খূদিং,
থাদোক্লরক্লে মচেৎ ওইবা শাসনশিং,
শেমগৎলক্লে অপুনবা শাসনশিং,
লৈবাক-মহাদেশ খুদিং শিন্থ্ংনা।
মতম অমা লৈরম্মী মমাঙউে থায়না,
মীপুম খুদিং থম্নরম্মী লানপোৎ য়োমহুনা,
থোক্লম্মী অণাওবা হুযেল লাল তত্তনা,
হাৎনবম্মী, চেন্নবম্মী, খৎনবম্মী তোয়না,
ঙম্নবমদে পোথাবা নমু তাইবং পুম্বা,
রানা লেল্লম্মী কপ্পা কপ্পা হিক্লা।
ওইবম্মী মকম খুদং লাম্হৈংনকম তমথীবা,
কোক্লক্লে ফত্রবা পুম্বস হৌজিক্তি লোইনবা,
যাওনবক্লে পাম্নবা তাইবং শান্তি ওইবা,
লৈজনীংলক্লে তোপ্পা লাল পাম্বাশৎদগী,
তম্লকপনি মসি মমি অপুনবা শাসনগী।
যুম্মুবেল লৈবঙম্না যুম অমা পানবদা,
লৈতবা য়াদে অত্নুম্না মকোক অমদি,
খম্থস মসি কনানা ওইগদোবিবা,
শান্তি পাম্বশিংনা খম্নহুনা হাপকদরা,
ওইবগত্রা অকনবশিংনা নমহুনা হেক্তা।
খাযদোক্লি হৌজিক নাকপাক অনি পৃথিবীদা,
লাল পাম্বা অমম্থং শান্তি পাম্বা হায়না,
য়াওবি ভাবতনা শান্তি পাম্বশিংগী মরক্তা,
মসিমদি তশেংলে খ্বাইনা য়ানবদা।
তান্নরি লাল পাম্বা কাঙবুগী মকোক,

শাগৎলি তাইবং মাঙনবা তমথীবা খুৎলাই,
শেমগৎলি থৌনা ফবা লান্মী মখোয়গী,
নমন্থনা লৌগনি ওইগনি হায়না মকোক।
অন্থনা ব্লানরিবনি মালেম'সিদা হৌজিক,
অব্লাবা নংলে শান্তি পামজবা ঐখোয়স্সু,
মখোয়গা তোৎনন্থনা লৈবা মরমদগী।
হোৎনবা তারি ঐখোয়স্সু মখোয়গী চক্রিনা,
ইরৈবাক-ইজাতি কম্লনবা শোয়দনা,
অন্থনা লুরে হৌজিক ঐখোয় য়াম্না,
নুং অনিগী মরক্তা হা ওইরে,
শান্তি-অশান্তি মরক্তা খোম্নকম ওইরে,
অন্না-নুংঙাই অনিদা লান্নংগে।
লাকখিসিন্নু অমদি শোয়দনা অরেপ্পা,
মপাঙ্গল, মরৌশিং অমস্তুং য়ানবনা,
লেপ্পখিসিন্নু মকোক মখোয়গী অশেংবা
লাল পাম্বা কাঙবুশিংগী কাঙলূপ্তা।
য়ানরকসিন্নু লেপ্পবা কাঙলূপ অনিমক,
শেন্নকখিসিন্নু অপূনবা মালেমগী লৈঙাক।
ব্লাৎলি খরদি অসিগুম্বা মতমসি,
ওইরকখিসিন্নু পৃথিবীগী অপূনবা শাসন,
মন্থুতদা ওইগনি চাওখৎপা মালেম,
পৃথিবীদা শান্তি লাকনি মতমন্থুদা।



# অঙাংশিংগীদমক নিজবা

হে ঈশ্বর ঈবুংঙো ! তাইবং শেম্বীবা মপু ।
পঙলবা জ্ঞান লৈজত্রিবা অঙাংশিংনি,
ফত্তবা পূম্বদগী কনবীয়ু অফবা পূম্ববু পীনবীয়ু
চাওখৎ-ফিদম পামজবা অঙাংশিংনি ।
পাপকী রাখল খলহনবীনু পূন্যগী শিন্থা নীংহনবীয়ু
ভাবতকী শেংলবা অঙাংশিংনি ।
লূববা রাখলগী ঈচেন্দা চঙহনবীনু পাপকী ঈনৈ
নহাক্নুমা পুকচেল শেংবা পামজবনি ।
অকিবা পূম্বদগী কনবীয়ু য়েক্নবগী থৌনা ঙমহনবীয়ু
শেম্বা যাবিবা অঙাংশিংনি ।
গঞ্জা-কানি যু থকহনবীনু ময়াইকাবা চিঞ্জাকশিংবু থিংবীয়ু
মপুন্সিগী খঙজত্রিবা অঙাংশিংনি ।
লায়রবগী মৈশা লাংহনবীনু পুক্নিং ঈংনা পালহনবীয়ু
রাখল লৈজত্রিবা অঙাংশিংনি ।
হকচাংগী লূ-তোং খুদিংদা অশেংবা ঈচেল চেলহনবীয়ু
পাঙ্গল কনবা পামজবশিংনি ।
অশেংবা নুংশিৎ ফংহুনা অহাওবা চিঞ্জাক চাহুনা
পলেম-পম্থৌ কায়নদনা,
লৈহনবীয়ু ইচা-ইনাওশিং পুক্নিং ঈচীক মকারাম্না
ভারতকী শেংলবা অঙাংশিংনি !
দেশ দেশকী মখোযগুম্বগা চান্নবা মরী থমহুনা
মতমগী মঙাল ফাওহুনা,
তাইবং-শান্তি ফংহুনা খোয়কম-মীনোক তমহুনা
য়োকখৎপীয়ু মখোয়বু নহাক্না ।

---

লোইরবা

